মাংগদবা কোহ্নিং কারগা ;
পামদে নুংগী মন্দির,
লুপকদবা মতমগী ঈচেল মনুংদা।

পামদে চেকী মন্দির,
য়াংনা শাবগা অমুক্তং,
মন্দুনা লৈবা মতমকুইনা ;
শারুশি লৈগী মন্দির,
তাউখৎনবা মতমগী ঈথক মথক্তা।

কংখ্রগা চোংলকপা অমুকহন্না,
অত্তুগুম্বা লৈগী চারনা,
মন্দির য়ুম্বী য়ুংলুসি ;
চাউখৎনবা মশা মরেং,
মতমনা অন্থম কুইরকলগা।

কুম্বী কালেন নাইদনা শাংপা,
লৈগী চার থিরুসি,
থারুসি মন্দিরগী অকোঙবদা ;
মখোং ইংহনসি মিংকী পি ইফুৎনা ;

কংখ্রবস্থ অমাংবা হকচাংনা,
লৈহৌসনু পুক্রিংগী লৈরাংছু।
শাৎহৌসনু তগুপ তগুপনা,
মাতৃমন্দিরগী অকোঙবদা।

মাতৃমন্দিরগী লৈনম সুংশিবা
তপনা লিরি লিরি শিংপা সুংশিংনা
হমখিসনু মৈতৈ লৈবাক খুদিংদা :
তেকখৎসনু শিরুম নারুম্বা মৈতৈ।

পুকনিংগী অশো বা উমং ককথক্তুনা,
থাসম্নু ভরু তরুবা লৈগী চার
মাতৃমন্দিরদা কংননবা ;
শেমসম্নু নিংথিবা নিকুঞ্জবন।

অথাপ্পদা লৈব অনকপনা লৈবা
অচৌবসু অপিকপসু
নিংনসি মৈতৈ চম্নুগী মচানি।
লৈগী পরেং ভক্তনবা।

হে লৈবাকমচা মাতৃসেবক !
স্বার্থত্যাগকী শিদহিদাক,
থাবিমু মন্দরগী অকোঙ্গবদা,
পুনশিবা পামলবদি মৈতৈ চম্নুগী।

মাতৃমন্দিরদা হোৌবা লৈপালগী,
কেল্লকপদা লৈরাং মথোক লোঙ্গছিনা.
পুখিদুনা মতমগী ঈচেম্না,
তাউরুসম্নু সমক্রু শীনবথুংনা।

মাতৃমন্দিরদা হোৌবা লৈপালগী,
চাউথংলকপা মশামরেংনা,
অত্যাদা থংসম্নু নোংগী লম্বী ;
পোখাসম্নু মীরৈবাকী চেল্লা।

মৈতৈগী তম্পাক্তা হোৌবা লৈরাং,
থারুসম্নু সমক্রু ব্রাহ্মদসু
শাংলুসম্নু ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয়দা ;
করি ভমলোইদগে 'লৈ পরেং' না তক্রবদি।

# খোংগামমেলৈ।

ঈশিংদসু চাউদবী, কংফান্দসু হোদবী।
উদা তাংলে উতাংবী, রাদা তাংলে রাতাংবী।
পরেং লেংসি পেদংনবী, নাচোম শাসি নাওথী শাবী।
সুংশিং শিংলে মিপাইথীবী, খোইমু লাকলে ইকাইথীবী
সুমিং থোকলে ওকনোবা, সুংশা য়ৈরে পথগনবী।
উরী হাঙসি হাঙওমদবী, পাম্বী কৌসি কৌনিংদবী।
সনারৈ চুদা য়েংলে, য়েরুমলৈ ওংদা য়েংলে।
কম্বোংমাল নউ উরে, কবাকমাল* ননা হাঙরে।
ঈপাকথক্তা শাংতবরা, ঈরাকনবগী কিবনা?
কংফানদসু শাংতবরা নেথংকনি নিংদুনা?
খোইমু পাইরকনি কিদ্রনা, মংশি ননম লোংপরা?
হেক্কনি হাঙনা চিংনহুনা, উথক্তা কাহুনা লোংপরা?
তোমশাংব কিবনা, পরেং ওইনা শাংপরা?
মালংবনু কিবনা, ন-না ম-উ পিকশিনবরা?
অরুম্বগী কিবনা, ফজবা নহে য়াম্রবরা?
নোকনগনি থন্দুনা, নকাফম্মা শাত্রবরা?
ওইসনু তিংথংমরক, ওইসনু নারক অশোংবা:
মিংয়েংকম ওইরেদো, মকমদা শাংলু শাংলুবা!
লোম্লুমা করি কাম্নগনি? নশকনা নংগী য়েকনরবদা;

---

* কবাকমান=কবাকথাং মানবা।

হৌজরু লাইশং নাক্তা, শাংচরু ববিগী পুক্লিংদা।
অকি অথং লৈররোই কারিগুম্বা মতমদা;
শান্তি ফংগনি নপুনশি চুপনা নপুকনিংদা।

## লৈশক খংদবা লৈপাল।

ভারতকী লৈকোন্দা লৈতেংলিবা.
বকুল পাম্বীগী মনিংচংলব,
চার অমখক্তি নিংথিজরবা
থারুডুনা লৈকোন্দা উরুমলাংবা
পোমাখদরে নকুমথা য়োবদা;
য়েম্নিং হুনখদরে বসন্ত ঋতুদা।
নিংনখরে উতাংবীনি হাঙৈতুনা,
লৈশক খংদবা লমলাম্বশিংনা।
নোংচুপলোমদগী তপনা শিংলকলবা
থোগন্দুনা মালংবনা হংলবা
লৈপাল অসে লৈশক খংদব',
লৈরাং পোমলকলে তনৌ তনৌবা!
বসন্তগী অয়ুক্তা শাংলমলবদি করিগুম্বা,
কিতুনা মৈশা লাংলকনি য়াকলবা,
পোমহৌদ্রিবা ওইরবোই মতমচানা!
লৈরমলবোই কালগী মঙাক্তবু ঙাইতুনা!
হে লমলামবশা লৈশক খংগনবা!
উতাংবীনি খঙ্গিবরনে হৌজিক ফাওবা?

## লৈপাকলৈ।

নারক্তা শাংপী খোংনেম্বী, লক্মাংদা শাংপী পাঙ্গনবী।
কালেন-মুংশা থাংজরবী, ইভাগী নোং নংজরবী।
ইঙেলগী লেন থাংলবী, মুংশিং থেংনরীব শজিবুগী।
কনাগী পুকচেল থংবগে, শকফম য়েংতুনা মপালগী ?
মাগী নৌরবা মনানা ইভাগী নোং কল্লিদো !
মাগী থোংলবা লৈনানা কল্লবা মালেম থিনগাইদো !
মাগী নেমলবা মউনা, মুংশিং থাংইদো শজিবুগী !
নিংদ্রবীনি উপান্দা তাংগে, কিদ্রবীনি নেথংপগী।
পাঙ্গরিবী লৈপাকলৈনি, মথম্নতগী মথৌনানা ;
হে পাথংশা ! থৌওইদবা তৌগমু প ঙ্গল শোনবীনি ছাঙ্গীতুনা।

## খোইমু অমসুং লৈ।

( অপোম্বা লৈ য়েংতুনা )

খোইমু। নৌনা পোম্নলকলিবী লৈরাংশা !
কন য়েংতুনা হরাওবগে ?
মাইথোংফম্না নোকলিবাশা :
করি থন্দুনা মকারাম্বগে ?
ওয়াথারলা তৌনা চিক্রুনা,
অরেম্বদা কংগনি থম্লবো

লৈ পরেং।

মালংবনা হুমদোক্তুনা,
লৈখোক্লগী ! কে'মি কাউরবোই !
ঙয়াংতশোইবা উক্তুনা.
মীনা নোকনগনি থন্দ্রবোই !

অপোম্বা লৈ। তেংবানবদা পানবনা খ্বাংজেংবা !
কয়াগী ম'তক মুঙাইবা,
মাহু করিস্থ থংজ'দ্রবীনিনা,
মুংশিহৈতবা তীম্না চিক্তুনা,
থারবস্থ য়াইবী থল্লাই
নিংহমদবা লৈহৌরোই।
মুংশিবা ইনম য়াওদবনা,
হুখিনি চিংনদে মালংবনা !
পুকমুংদা লৈহা লোক্তবনা,
চুপকনি কিরুদে খোইমুনা।
ফজবা অথীবা অমত'ন ইমিক্তা ;
চৈবা থাগৎপা অক্ষানি নাকোংদা।

( পোমশাংনবা লৈ য়েংহুনা )

খোইমু। পোমশাংনরবী শিংঙেলো !
ওন্থোকনস্থ ইকাই থীখ্রেদা !
থুনমক শাংকা'ইরকলো,
ঙাল্লরো উনা মরক্তা।
মরুমদা উনাপূংবা,
করিগী লৈরি লোক্তুনা ?
লৈরাংনা ঙরাংতা পোম্বা,
চোংলি 'ইমা' হাপ্নীহুনা।

মাখোইগী থৌরাংসি উবদা,
পোক্লা পুকনিংদা সুংশিবা ?
পোকলকপগা তেংবানবদা,
সমাজগী করি পাংথোকলবা ?
কংথিবা থোকলবদি করিগুম্বা,
হৈদোকখ্রন লঙ্কাংদা,
মনম সুংশিবা নশক ফজবা ;
লৈমন চনখ্রিনি অরেম্বদা !

পোমশাংনবা লৈ। খ্বাংজেংবা ! পোমশাংনবা হাঈবসি,
মতমনিদা খুদোংথীরবা !
থল্লবসু হৌজিকমক শাংসি,
মপুং ফাদ্রে ইনম সু শিবা।
শাংতদুনা লৈসি হাঈরবসু,
চনগনি অপোম্বশীংদা !
খোইমু পাইরকপা উরবসু,
পুকনিংগী আশা থুংদ্রিঙৈদা,
মপুং ফাদ্রবা লৈহিসি,
চুপথোকখিদ্রা থল্লিদো !
নৌনা চোলকপা লৈনাসি,
চন্নদনা কংখিগদ্রা রাইদো !
শাংসি 'কিরে পোমসি চিংনরে ;
'নুং অনিগী মরক্তা হা' ওইরে।
পুকনিংগী রাখল পুকসুংদা কংলে,
পুনশিগী আশা পুনশিদা তিনখরে।

খোইমু। চন্দন পাম্বী কয়া কয়ানা,
চীং-মাল-নারক-শীংলক্তা,

মাং'গুম অরেম্বা উকং ওইদুনা,
পুকনিং লৈকোলগী অথুপ্পদা,
থারিবা চন্দন পাম্বীদু চেকশিন্না,
কংখ্রনিদো অরেম্বদা!
পুকনিং হকচাংগা লোঙ্গিননা,
খংহৌররোইনে কনা'মতা!
রাখল পুম্নমক থাদোক্তুনা,
হুন্দোক্তুনা ইনাই-ইকি,
শাংলোনে লৈকা ফম্না,
অয়ুক অঙনবদা চাওখংপগী।

## চন্দ্রনদী।

থাপনা ভারবা চাং অসি ওন্থোকনা ফজেদা!
নোনা পুন্নিং হুনা নিংখিদা,
ইংনা লিক লিক লাউইদা।
শংবানবা অতিয়ামকপুম্ন নঙ্গাংলিদা!

মাসি শংবানবা অত্যাগা শমনখ্রবরনে?
অমুক্তং য়েংঙুরবদা,
মিৎফম হোংবা য়াদেদা;
অদুবু অওইবমক মাসি মাগী মচুরনে?

নত্তে,—মখোংদা চংলবদি উবা ফংগনি,
শোংলবা শা-কৈনা থল্লবা,

নারকনি, ত্তিংথংতুম্বৌ হৌবা ;
ত্তিংথৌ হৌবা লৈতেম মাল্লবা লম থরতনি।

অরাবনি অনকপা চন্দ্রনদীগী দৃশ্যদি !
তোর্ব্বানস্থ নারক ওইখ্রে,
মনুংস্থ নাপীনা থনখ্রে,
তৌইগুম্বস্থং ইতিহাসগী ঈচেল চেল্লি লৈমুংদদি।

মতম অমদা মহাক্কী অকনবা ঈচেন্না,
তোব্বান্দা হৌবা উপাল রাপাল ফুক্তোকলমই।
হৌজিক্তি ফল্গু গঙ্গাগুম্না,
লাইজা ঈচেল থাদোক্তুনা,
পুক্লিংগী অথুপ্পা মফমদা, মনুংদ-মনুংদা,
অরাবগী ঈচেল চেল্লি লোম্না লোম্না।
অতগুম্বা ঈচেন্দা কননাস্থ উবা ফংদেদো !
কাঞ্চিপুবগী অরাবা পাওবু পুখিতুনা,
অছিং মুংথিল নাইদনা,
চেস্থরি অমম্ব-সমত্র তমনা।

লোক্তাকলোমদা তম্লমই, লাইজঈচেল চেল্লিঙৈদদি,
মপালনাইদবা অমম্ব সমত্র তমখ্রে হৌজক্তি।
কনানো শকহেনবা মীগী তোর্ব্বান্দা লেপ্তুনা,
ঈরুজগে খৌরাংলিবা, খৌরাংবা মিংয়েংনা য়েংতুনা ?
ইরৈপাক্তস্থ তুরেল লৈ, ঈচেল কংখ্রে খল্লিবত্র,
তোতুনা য়েংসি অমুক্তা, য়েংসি খোরকপা লাইজত্র ;
লুরবা লাইজ ফংগনি, ঈরুজরবদি ঈশিংতুদা,
ইংগনি পুক্লিং হকচাং, কয়া মুংভাইগবা পুক্লিংদা।
লৈ-স্থ থাসি তোর্ব্বান্দা, য়েদি হিকেন্দা চেক্কী থাক,

ওমজরনি ঈরুজবা অশোন অনা পুন্নমক !
পোক্লফম লমদম থাদোক্তুনা, হাপ্তুনা থরাই খুবাক্তা,
লনতানবা চৎনৈ খুদোংথীরবা মফমদা।
ইরৈপাক্কী মপুংদসু মিংচৎ মমল য়াম্লবা,
ফুমহুনা লৈরি লৈপুংদা, তাল্লুসি শংকহেনবা।

## চীংয়া-লৈহাউ।

মোইরাং লাঙ্গজীদা কাঞ্চীগী
য়াংলবা লৈচিন থেৎনা,
মখোংদা চীং নাপোম অমগী
পাম্বী'নি হৌরি থাব্রাংনা।
পরিজাতকুম্না অমরাবতীগী,
শীঙেলসি মমিং চৎলি।
লৈকোন্দা কাঞ্চীপুরগী,
'লৈহাউ লৈরেন' শোম্নরি।
লৈহাউ লৈরেনসিদি,
হাকনা চাউদে হাকনা পিক্কে
চুখ্রবদি কোক্কে মনমদি,
য়েংবগী পেনবসু নাইদে।
লৈ-না পুম্নুম ভাব্রিবা,
লৈখোক মনা'স য়াওবা
লৈনম, চুখ্রবদা কোক্রুবা,
বিধাতানা করমনা শেম্নলব্বা !
লেপ্তুনা চীংয়া ভময়াদা,।

অরেপ্পা নত্তে মুঙাইবা,
খংহল্লি লম্বী চংপদা,
পাউতাকসি মমল য়ামলবা।
মতম অমদা খুংলাই পাইবনা,
ঙাকলমই লৈখোংদা,
অপোম্বা লৈ অনৌবা মনা
মাংহল্লমদে অরেম্বদা।
হৌজিক্তি লৈপাল অসি,
মতমগী ঈচেল হোংবনা,
হোংখ্রে মুঙাইবা পুনশি,
য়েংবিহৌ পুকনিং চংনা!
শাংকাঙ্গবা লৈমগী দমক
অপোম্বা তরা মাংনরি;
ফজবা মনামগীদমক,
মশা তরা থুদেকপিরি।
মনা, মশা, অপোম্বা লৈনা,
ইচাই চাইরে লৈখোংদু;
লৈহেকপা লাকইবশিংনা,
নেথংলি কেল্লবা লৈ শংদু।
লৈশাংপা মতম য়োৌবদা,
ফজবা হেনগংলি খ্বাইদিদি,
কপপু কপনিংই থল্লুবা,
অন্নাবা মতমনি মাহাক্কাদ।
থরনা পোমশাংনবা,
য়েংজরি মূনা মূনা
মরুমদা ঊনাপুংবা,
হেক্কনি হাঙ্গবগী কিম্বনা।

মশা থুদেকমন খবদা,
লৈপালসি মনা পূংবা
পুঙকোক কোকলে য়েংবদা,
মতৌ মাল্লে মরু কোকপা।
কিবনা মীনা নৈথৎপা,
লোৎলমলিবোই চীংয়াদা!
—ওম্বগে কয়া কুইনা লোৎপা?
মীনা থনখ্রেনে লৈখোংদা
পামলব'দ মীগী কাম্নবা
খাংগদবনি মীনা ওৎপা!
কনানা কাম্নবা তৌখিবা,
খাংখিগদগে মীনা ওৎপা!
কংলো কংলো লৈহাও লৈরেন!
মিংচৎ-উরোং খিল্লমতুনা।
থাদোকলমলো অরেম্বা তাইবংপান,
হোরুরো শান্তিগী লৈকোন্দা।

## বিশ্ব-প্রেম

হে পাখংশা! বিজ্ঞান হৈরবা,
করিগীনো মন্ত্রবু থাজদ্রিবা?
পাল্লবদা সুংশিগী মন্ত্রনা
মিৎ তাংগনি পাংনা পাংনা;
না পংগনি তা-না তা-না;
পংগনি লৌশিং থোনা থোনা।
লৈনম ছুডুনম্ব মলয়ানা,

"মুংশি" "মুংশি" হাইহনবগুমনা,
পুকনিং হুদ্রুনস্থ মুংশিবা মীনা
মথনগনি 'মুংশি' 'মুংশি' হাঈম।।
তিংখং পাল্লবস্থ কেতকানা,
মনম মুংশিবগুম অহোইনা,
নিঙাই চাউর চাউরগা মুংশিবনা,
"মুংশি" মথনগনি খোইনা হেন্না।
চৈ থাংলবস্থ মুংশিবা মীনা
হীদাক অথাবা চাবগুমনা.
হেন্না তেকখৎকনি নশাদু,
হেন্না মুংঙাইগনি পুকনিংদু।
নাওথী শারে মস্থশিনি ;
শুগৎলে নোকলকলে নীংগনি।
শনরিক পরেং মুংশিবগী,
হুক্তোক্তুনা মুংশিবগী ওকশমদগী,
য়েক্লনবদা শিবিবা ওমলবা,
প্রেমিক কৌই মুপাদু অশেংবা।

## নীরব রজনী

থাবল ফবী অহিংগী মতম য়ৌরকলে,
মুংথিলগী লাউখোংবা নেমথরকলে।
ইচৌক চীকথরে মালেম পৃথীসি,
থেংজিন্নকলে অহিংগী মতমসি।
কীরক থুমথরে চীংয়া তময়া,
থা-থরাম্নিচাকনা লৈতেংশ্রে অতিয়া।

পোম্বী-চেকলা য়াহিপখ্রে মহুমদা,
শজী-শঙাই য়াতাখ্রে তিঙ্গোইথক্লা
নিংথৌ কোম্মুং পৌরোল লোনখ্রে,
লাইরা খাংপোকস্থ খোং থিংখ্রে!
চপ লেপনখ্রে উরী য়ারী তুমিন তুমিন্না,
শংলেল শেংখ্রে চীংশাং নাপোমনা।
তুম্নখিবা উরদুনা মলয় পর্ব্বতনা
হুরাল্লকলে হৈনম লৈনম মলয়ানা।
মনম মুংশিবা হুখিগত্রা কিত্তুনা
মিশেং থাংখ্রে থরো থারিকথানা।
উইরকলে উপাল মহৈ মুল্লকলবা,
'তুপ' 'তুপ' কেনখ্রে উহৈ অমুনবা;
শেগাদগী হিরানবীগী মচা নাম্থুখিবগুম
অমদি—তম্বাক্তগী উইরিঙৈদা ওম্থুখিবগুম।
মীচিকপা তাঙ্গা ফংজরদুনা,
কল্লকচাউবা তুরেনগী লৈরাইনা,
ঈচেল থক্তা 'ঝম' 'ঝম' চোংথরকলে।
শাউদুনা ঈচেন্না ঈথক হৌরকলে।
করিগুম্বা হানখ্রবদি নোংঙানবনা
তমথীবা খোইমু পাইরক্তনি কিত্তুনা,
লৈখোক লোঙ্গরবা লৈরাং কেনখ্রে;
ওম্না খোইনা উফুল থক্তা খাংখ্রে।
হুগে তৌবদা লৈগী লৈনম মলয়ানা,
'তুমদ্রি' 'তুমদ্রি' লাউরকলে উনা অকংবনা।
য়েংউ! প্রকৃতিগী মুর্ত্তিসি ইংলবা,
কমদুনা লমদমদা মীচিকপা,
অশংবা থাকল মথাদা অতিয়াগী,

থাংমৈ থান্দুনা থা থরানমিচাককী,
থাবলগী অঙোবা লমথাং থোনখ্রে ;
থোং থোংনাওগী মিৎ লীশীং উইশিনখ্রে।
পুথ্রী পাংপু লীক্লাইগী পাত্র শেমথরে,
লৈরাং নিংথিজবা হাপকৎথরে,
লৈচিন নোংফাইগী ধুপ থারকলে,
অহিং লিকলাগী পি তরং তরং শিন্থত্তুনা
খুরমজরকলে পুকচেল অনি লোংদনা
তেংবানবা শেম্বিবা মবুঙোবু।
ঈচেল নাইবা তুরেল খিবিকনা,
য়াকাইরোল শকলকলে খোঞ্জেল পিকনা।
উনা পুংবা উপাল খিবিকনা তপনা তপনা
চামর থৌগল তৌরকলে হাই-হুমত্তুনা।
অমুনবা উহৈ থাদরকলে হৈপাল্ খিবিকনা
তেংবানবা মপুগী খুয়াথাদা।
লৈগী পরেং কৎশিল্লকলে শিংগাবৈনা
তেংবানবা মপুগী খুয়াথাদা।
প্রকৃতিগী লাইনিং কাইনি কিত্তুনা,
নিদ্রা শান্তি মচিন্ মনাও অনিনা,
মাইকৈ মরিদা মিকুপ নাহুম য়েংখ্রে ;
কৌজেং হাল্লৌনা তেংবানববু নাউশুমখ্রে।
'ঝম' 'ঝম' কিন্থরকপা লৈরাইনা,
ঈথক হৌখ্রে তুরেল্লা সুংশাথীত্তুনা।
উবদা কোম্লকপা অকংবা উনা,
তপনা হুমদোকখ্রে মলয়ানা।
য়াওল্লকনি চিংনত্তুনা উচেকরায়ানা,
মুনা মুনা য়েংখ্রে থাগী থাবল্লা।

শুকল্বা চিকলবা চীংনুং মান্নুংদা
করিগুম্বা লমলক্কী শানা থোংলকপদা,
চীংলাইনা খামজিল্লকলে প্রতিধ্বনি তৌত্লুনা।
করিগুম্বা নোংইম্না পাইরক্কত্রা কিত্লুনা,
তাল্লুমখ্রে চীংয়া তময়াদা লৈচীম্না।
অপামন্নুংশি কাঙ্গনরবা কনাগুম্বনা,
লাউখোংত্লুনা কপ থোরকনি খন্দুনা
তেন শংখ্রে তেন্দোংদগী নিদ্রা দেবীনা।
অহিংসিদা অস্লুক্কী মতিক চিকলবা,
অন্নুতাপনা চাকলবা থম্মোঙ্গসিবু ইংহন্নবা,
নিদ্রা কদাই—শান্তি কদাই-কদাই থাবল?
থংলে অনাবনা হেঞ্জিল্লকলবদা,
অরেম্বনি হিদাক অরেম্বনি সেবা,
মৃত্যুমুক্তি মতমতনা হিদাকনি অথোইবা।

## নির্জ্জনতা।

নুমিদাংরাইরম য়োরক্তুনা,
সনা অহিংবা মশেকনা,
উতোল রাতোল লৈতেংদ্রুনা,
পোথারকলে অঙানবা নোংচুপ্তা।

পোম্বী চেকলা অয়াম্বা,
পাইরকলে মহুম তাম্না,
য়ুমশা, ষণ শগোম্নচিংবা,
মমাই লৈনখ্রে খুল্লকতমনা।

ব্রহ্মচারী অমস্থু কনাগুম্বা,
থাদোক্তুনা তাইবংমীগী অপাম্বা,
'পুক্লিং তপনা লাইনিংগে' হাঙ্গনা,
চংখ্রে অচিকপা লমদম তমনা।

উখোং অমদা ফমতুনা,
য়েংলক্লে মিৎ কুপ্তুনা,
অচিকপা লমদমগী ফজবা ;
খল্লকলে পুক্লিংদা মওল মওল।

হৈনম লৈনমনা চূরবা,
মলয়া নুংশিংনা ইংলবা,
শিংলক্লে তপনা তপনা,
য়াচংবগী অমম্বা মরক্তা।

উনা-রানা লৈ-সু খিবিক,
হাইহুমলক্লে তপনা তপনা,
নুংশিবা খোঞ্জেল অমথক,
পোকলক্লে উমং'দুদা।

খোঞ্জেন্দুগা তিন্নতুনা,
মিরবা খোঞ্জেল অমা,
তারক্লে শেংফাত্তুনা,
ব্রহ্মচারীগী নাকোংদা।

"তাও ব্রহ্মচারী ওসিদি,
কোংদোল্লগে র্‌া পুক্লিংগী,
'অচিকপা' কৌই ইমিংদি,
মবেম্মনি লমদমসিগী।

ঐদিং সহর অচৌ অচৌবা,
লৈরক খুল্লক মী তাবা,
লমদম মীয়াম তিনবা,
হন্না য়েংদে থাপনা চেম্মোকই।

ইতিহাস নিংথৌরেল খুদিংগী,
ৱারী অকন অথৌশিংগী,
থাবল চোংবী শাবী শানৌগী,
তাজনিংদে তাজনিংদে।

ইংলবা উমং ময়াইদা,
চিঙ্গবা চাংয়া-তময়াদা,
শোংলবা নারক শীংলক্তা,
লৈফমনি লাইবকথাবীগী।

হৈ-রা হৌবা হৈকোন্দা,
লৈ-স্না লৈতেংবা লৈকোন্দা,
অচৌবা চাংগী চীংদোন্দা,
শাম্নফমনি পাঙ্গল শোনবীগী।"

"মথম্নতা হৌরকলগা,
কংজখিবা মথম্নতা,
উরী-ৱারী—লৈ-স্নগী পুনশিনা,
পুনশি-লৈ-পরেংনি ঐহাক্কী।

সমাজগী ইতিহাস,
মপূংফাদে মপূংফাদে।
খুল্লক্তা শানবা ৱারী,
মরাক চুমদে মরীক চুমদে।

তেংথাড়্রুনা কপ্পতনা,
থম্মোই শোক্তে থম্মোই শোক্তে।
তুমিন্না লৈবতনা,
য়াদবা নস্তে য়াদবা নস্তে।

মীওইবগী লাইবক থীবনা,
ফোংদোক্তবা অরাবা খংবিদে কনানা!
মরোল থোক্তবা কনাগুম্বযু,
'উকংনি' থল্লি মীওইবনা!

থজিক্তং শোকপদা তিংথংনা,
কপলিবী তেংথা নাওইদুনা.
মুপীসিগী য়াখোং য়ারীদি,
শকনা শোম্নখ্রে মী থুদিংনা।

নৌনা মপুরোইবা থাইনরবী,
ইকাইথীবনা কপথিদ্রবী,
লকান্নুংদদি য়ামৈ চাকলবী
শকনা শোম্নবগে কনানা?

মশক থীরবী লাইররবী,
মরোল থোক্তুবী লৌশিং থেল্লবী,
মথল্লাই থাখ্রবী নিংবা থুংদনা,
শক্লশোম্নবগেনে কনানা?"

"তীর্থস্নান তৌরিবা চহি থুদিংগী
পূণ্যগী য়ারীদি মুপা'সিগী
নিম্নখ্রে লৈরক থুলক্তা
শকনা শোম্নখ্রে মচী মচীদা

অতুগা মপি তরুং তরং চেন্দুনা
'তীর্থ দর্শন কংগ্রে' হাঙনা
কমুংদা লোংনা হিপ্তুনা
কপলিবা মুপাসিগী রারীদি,—

মীপুমতিংনা হংলুদুনস্থ
'খংই' হাঙরমদে কনানস্থ,
চেনা খুদিং হাইদোক্তনস্থ
য়াওরমদে ইতিহাসদা ।

মিৎকুপ পুংক্তা খুদিংগী
পাক-চাউরবা তাইবংসিদা
অরা অনা কয়া অহুম তৌনা
মাংখ্রবনো খংহৌদনা !

কাব্য কয়াদা ইনরিবা,
পুনশিতুদগী হেন্না রাবা,
হৈদোকখ্রেনে পুনশি কয়া
মী উদবা লম্বাংদা !

ইতিহাসদা শীংথানরিবা
অকলঅথৌশিংদুদগী
থোইনা হেন্না কনথৌরবা,
কেমখ্রে থংহৌ উহৌদনা !

জাতিগী ইতিহাস হাঙবসে
মিৎনা উহৌবা, নাকোংনা তাহৌবা
মরিক চুমনা ইবতনি রারী খরা ।
ফোংদোক্তবা পুকনিংগী রাদি
করমনা খংগনি মাহাক্না ?

কাব্য হাঙ্গনরিবা অসিন্থু
উহৌবা, তাহৌবা, কল্পনানা ফংবা
হিরম খরদং লৈতেং হাপ্তুনা
ইজবতনি পুকনিং হুনা।”

“বিজ্ঞাননা মমিৎ তাংলবা
ইতিহাসনা মনা পংলবা
হিরমশিংতু অড়গুম্বা
তাদবা উদবা লৈতে ঐহাকনা।

হে ব্রহ্মচারী নৌনা লাকইবা!
পোৎকা মমনবু অচুম্বা,
খংহৌবা, উহৌবা তাহৌবতনা
লেপনবরনে চাংতমনড়ুনা?

অড়ুমনা চৎনরবদি সমাজদা,
ফরে—চেক্কী সিড়ি মথক্তা
গামলা মথক্তা লৈতেংলিবী,
লৈরাংসে ভাবিবনা কৌবী,

মথক্তনি শকফজবদা,
মথক্তনি মনমম্পুংশিবদা;
অ'চকপদা শাৎপী কেতকীসি
অরেম্বান মাগী পুনশি!”

ইথক্তা অত্যাগী মকোঙ্গদা
নোংথাং কয়া কুপখ্রলা!
নোংমৈ শীংজং কয়া তাখবা!
নোংশা কৈ কয়ানা কোঙ্গখ্রবা!

ঐগী চিরুবা* তম্পাক্তা কুন্দুনা,
লাইনিংবা সাধু কয়ানা,
ঈশ্বরবু উপাসনা তৌজত্তুনা,
সিদ্ধি ফংখ্রবা নিংবা থুংনা!

সুংশিহৈত্রবা মীহাৎপা কয়ানা,
মাগী মকোক পুশিল্লক্তুনা,
লোৎলরিবা ঐগী ইরুমদা!
তুজুংইদকো খল্লুবদা!"

"ইচিকল্লকলবা অহিংদা
মীনা তুমনহিপনখ্রবদা
ইংলবা থাবলগী অঙোৱা ফিজংনা
কয়া কুপখ্রবা ঐগী ইথক্তা!

ঐনা ব্রারী অমতসু লীথোক্কে।
কনাদসু পুক্লিং ফোংদোক্কে।
মী খংহন্দনা মরুমদা লেপ্তুনা
হিরম পুমনমক য়েংই মুন্না মুন্না।

ঐবু শোম্বরম্বদা বিধাতানা,
পীবিরমদ্রবোই কাউত্তুনা,
পাম্বৈদি পুক্লিং ফোংদোকনবা।
পুক্লিং পীবিরমই খন্নবা।

মীনা ঐবু হেক য়েংবদা,
নিংনৈ শাস্তি লাইরেম্বীনি।
অতুগা কনাগুম্বা অমনসু
থম্মৈ অরাবা লাইরেম্বীনি!"

ব্রহ্মচারীনা হায়রকই,—
"মীনা শান্তি লাইরেম্বী কৌসনু
অরাবা লাইরেম্বীসু হাঙ্গসনু
ঐগীদি ইমা শকপী লাইরেম্বীনি।

ইমাগী তম্পাক্তা তুম্বগুম
তুমজগে নংগী তম্পাক্তা।
শান্তিগী মশক ওইবা অমৃত
চুপচতুনা হিংজগে য়াইবী থরাই।

লিল্লাগুমনা থম্নাথক্তা পকপা
পুনশিসি তয়াংতশোইবা
থমনা খেঙ্গোংনা ঙামথবা মতমদা
তিনজগে নংগী পুক্লিং পুথ্রীদা।

সমাজগী মরক্তা লৈবসু
লাংতক্নরকই পুক্লিং য়ামনা,
পাইনিংলকই ইশা পান্দুনা,
ছেংথানিংলকই লোল থোকতুনা।

হৌখিবা শরুক্তা ইপুনশিগী
পারুরে ইতিহাস সমাজগী
লেমহৌবা পুনশিগী শরুকসি,
পাজগে নংগী জীবন ইতিহাস"।

# মৈতৈ—কোকিল।

## ( কনাগুম্বা কবি অমদা )।

হে মৈতৈ লৈবাকা কোকিল !
মতম কুইনা তাখিদ্রে নংগী খোঞ্জেল।
পাইখ্রগে নিংলংরা শাওদুনা,
নপিজা কোকিল লৈতে উৎনা।

লোৎপা য়াররোইনে হৌজিক্কি,—
নোংমা তাহৌরে নংগী খোঞ্জেল,
নোংমা খোংখি নখৌ পোংনা,
মৈতৈ উমংগী উশাদা তোংদুনা।

নংগী মিরবা খোঞ্জেন্দু তাগদবগী,
নাকোং থাঙ্গংলে মৈতৈ কয়াগী ;
পাইরকলো মৈতৈগী লৈকোন্দা অমুকহন্না,
খোংলরো নখৌপোংনা হান্নগুমনা।

লৈকোল কোকিলগী খোঞ্জেল তাদ্রিবা
তাজনিংবনা খৌরাংনা ঙাইজরিবা ;
পঞ্চমস্বরনা খোংদুনা তাহল্লোবা
চত্তনবা মীরৈবাক্তা কোকিল থিবা।

কাইদোংফম উশ থাদোক্কুনা,
চাক্তাফম লম্মাং হুন্দোক্কুনা,
করিগীনো য়োংকী শারং পামলিবা ?
ওমলোইকো হয়েংভুংদা পাইথোকপা।

কোকিল অমা খোংথি কুইথ্রবদা,
উজ্জয়িণীগা উনাপৃংবা উমংদা .
ইংহন্দুনা থমখি ভারতকী লৈকোল,
শুঙ্কাংথি পৃথ্বীপুম্বা মিরবা খোঙ্জেম্না।

তামনা অমস্থু খোংথি থাইনঙেদা,
নোংচুপকী সমদ্রুরাংমগী চীংসুংদা ;
চীংসুং কয়া সমদ্রু কয়া লানখোক্তুনা,
ইনিস নিলহনথি নোংপোক্কী তোর্ব্বান।

উশা খুদিংদা ভারত লৈকোলগী
চেক্লা চামা চামনা তোংতুনা,
খোংলি পুকনিংহুবা খোঙ্জেম্না ;
পুকনিং ইংহল্লি মী লিশিং লিশিংগী।

মৈতৈগী লৈকোলসে অসুক ফজরবা,
তারবদি কোকিলগী খোঙ্জেনতগা,
নিংথিজগবনো কয়াগী মতিক !
ইমিত্তা উরখিদ্রা দৃশ্যদু অমুক !

কোকিল লৈতবনা মৈতৈ লৈকোন্দা,
কেনখ্রে হৈনৌ ময়োল অরেম্বদা
তমাল মশা কংশিল্লক্রে অরেম্বদা !
ময়াং কাকনা চাখ্রে উহৈ অরেম্বদা !

মৈতৈ লৈকোলগী হৈনৌময়োল,
খোম্থাং হেনগদবনি চুপলবদি কোকিম্না,
'থাঙৈদা' 'থাঙৈদা' খোংলে কাকনা চুপ্তুনা
তাহৈস্ত্রে খোংবসি 'পাহাড়ী' 'পাহাড়ী'।

কোকিলগী খোঞ্জেন তাদ্রিমখে.
কোকিলগী মশক উদ্রিমখে,
মেনশিল্লগে নাকোংসি লৈখোমনা,
তুশিল্লগে মিৎসি য়েত্তুমনা।

কোকিলনা উহৈ উমংগা খোবোম থম্না,
খোংলকই 'কুহু' 'কুহু' পুকনিং হূনা;
ক্বাকনা মপুক থল্লগা অমুনবা উহৈনা.
হূন্দোকলমই অমাংবা মৈতৈ লৈকোন্দা।

খোংলরো কোকিল নিহ্লন্দুনা চীংঙ্গুংসি,
শেমলরো নিকুঞ্জবন তম্পাকসি।
চেহ্লল্লো ঈচেল কংখ্রবী চন্দ্রনদীবু।
কৌশিল্লো উমংসিদা বীনা পাণিবু।

তাগদবগী নংগী মুংশিবা খোঞ্জেল,
পোথারি লম্মখাংদা নম্মুল তুরেল;
ঙাইরি চন্দ্রনদী লেপ্তুনা ঈচেল,
পাইরকপ্রা য়েংলি হৈনৌপাম্বী চীংথক্তা।

অপিকপা তুরেল অপিকপা পাংকী ঈশিংনা,
নংগী খোরাংবা কোকলোই থন্দুনা,
কাইদোংফম ৱাংদে—পুকচেল নেমই নিংহূনা,
পাইরক্তুবরনে কোকিল হৌজিক ফাওবা ?

অমদি চীংনা কোঈশিনবা লৈবাকনি,
লাংদা থুরবদি অমুক্তংবু করিগুম্বদা,
পাইথোকপা ঙমলোই অমুকহন্না,
পাইরক্তুবরনে কোকিল ৱাখল্‌সি তোত্তুনা ?

কিগস্নু কিগস্নু কোকিল পাইরকউ,
লাং নত্তে—লাম্বন্নি প্রকৃতিনা পীবা,
শম্বন্নি মৈতৈ লৈকোল অসিগী,
কোঙ্গৈশিল্লিবসে চীংলোল মাপন্না ।

হে অচিকপা পাম্বা কোকিল !
নিলখোংবা তাদুনা মৈতৈ লৈকোন্দা,.
পাইরক্ত্রবরনে হৌঙ্গিক ফাওবা ?
অমুক্তদি খোংলখো নখৌ পোংনা ।

ঋতুরাজ বসন্ত কৌবা মতমসে,
নংগী চিরসহচর'নি হাঙ্গৈনা তাই :
য়েংউ বসন্ত যৌরক্লে মৈতৈ লৈকোল
পাইরকপা মতম য়ৌরকলে কোকিল ।

## কনাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমদা।।

নোংজুথাগী অহিংদা নোংনা ৱারা চুপ্পবদা,
হুই হৌদোং ফাওবা মপাল থোকনখিদ্রবদা,
মুৎলি মুৎলিবা তন্দনগুমনা
অমম্বা লোকম্নুংদগী পাইথোরক্তুন,
লম্বী লম্মুকনরবা ভারতকী লম্বী চংপশিংবু,
খুদোম্বী থিন্দুনা লম্বী তাকখি গুপা অমনা ।।

থাংবা কনবগী হি অমতং তোংজদুনা,
কলমগী মশক ওইবা নৌ অমত্তং পাঙ্গিদুনা;

কনানসু মতেং পাংবিদনা,
চেংজেল করিসু য়াওদনা,
ঈথিল-ঈরৈ কল্লবা ভারতকী অচৌবা তুরেন্দা,
ছি হোনগংখি হঙ্গংনা অঙম্বা লোকচপ্ তমনা।

নিংথমথাদা উন্না খুঃ খুং তাখ্রবদা
মুংশিংনা ময়া পান্দুনা চিক্কে তাল্লবদা,
নিংথম চাউবা ভারতবাসীনা,
খাংনখি "ত্রাহি" "ত্রাহি" হাঙ্গৈনা ;
ফ্রোং ফ্রোং শাবা ফৈজুপকী মরুমদা লোত্তুনা,
হকচাং কায়াং অপূম্বা থমখি থুপচিন্দুনা।

লুমলবা ফৈজুপকী মুংশিবা থাদোক্তুনা
থৌনা ফবা লৈবাকমচা অসিনা
অইংবা তুরেন্দা চোংথখি ;
মরৈবাকপু মুংশিবা উংখি।
অপংবনি খন্দুনা হী হী নোকখি ভারতবাসীনা।
মিৎচিনবু হন্না য়েংখিদে অথৌবসিনা।

য়েংউ লৈবাকমচাশা ! হিহোনবা মুপা'সে
হোল্লুরে মরুভূমি কয়াগী মথক্তা,
মায়া মরীচিকাগা থেংনচুনা ;
থেংলুরে অঙম্বা লৈরাই কয়াদা,
ঈরাকনরুরে অরুবা হিদেন কয়ামুক্তা,
নল্লুরে চীং নাপোম কয়া নিথাঙ্গৈদুনা।

হিমালয়দগী চেন্থ্রকপা ব্রহ্মপুত্র তুরেন্না,
চীং কয়া মরুভূমি কয়া তরাইনা লাম্থোক্তুনা,

বঙ্গ সমত্রুদা তাবগুম,
মহাত্মা অমগী কনাগুম্বা,
থম্মোইলকাম্নুংদগী চেম্থরকপা স্বদেশ প্রেমগী ঈচেল,
য়েথাই খিনগাই চামা লান্দুনা তিনখি স্বদেশ সমত্রুদা।

থোরবা তাগী মতোম্না তুরেনগী ঈচেন্দা থিনবগুম,
অপংবা কাংবুগী থারবা মিংয়েং. নোকনবা রাহৈদা,
স্বদেশ প্রেমগা ঈচেন্দা,
মশক হোংদে করিগুম্বদা!
কংহনবা ঙমদে ঈচেন্দু মায়াগী মরুভূমিনা;
ময়েং তাদে থগুনম্নু লমলক্কী শা শঙ্গুনা।

খোইহী চেন্দে ঐগী লৈতোন্দা পিরোল তৌনবা
প্রতিভা লৈতে ইশাদা প্রতিভাবু থাগৎনবা,
ইনাক খুন্দে ঐগী ইরোল,
ইনাক খুনববু থাগৎনবা;
লম্বীচিংবা অথোবা হিহোনবা নুপাসিতবু;
"নংতনি নুপা" হাঙ্গীবা থোকই থারবা লৈসিনা।

## থাইনগী মৈতৈ সাহিত্য

কদাইদা লৈখ্রে ইমা!
কেতকীগুম্না লৈনম চাউরম্বী!
নংগী পোমশাৎনবা মতমদা,
ঙাওথৎলকপা নচাশিংনা,
শান্নরম্বা মনিংমথা তৌনা।
কদাইদা লৈখ্রে ইমা!

থেংলবা অহিংদা খোংলকপা.
বাঁশিগী মুংশিরবা খোঞ্জেনগুমনা,
'ইমা লাকলে' হাঙ্গীনা কৌবদা,
চেনশিল্লকপদো নখোং থম্বাল তমনা,
পুকচেল অমতা ওইনা তিন্দুনা
'অমৃত থকলগে' হাঙ্গীদুনা।

মোইবুং খোঞ্জেল তাবদা,
সঙ্কীর্ত্তনগীদমক চরৈফি শেমনবা.
অতুগুম্বা নচাশিংবু ৱারকপা ৱাহৈ,
পুকনিং থৌগংপা খোঞ্জেন,
কদাইদা লৈখ্রে ইমা!
অমুক্তা ৱারকপিখো নচাশিংবু।

মোইরাংপর্ব্বগী মতোঙুমনা,
নিংথিজবা শঙ্গাই হুন্দোক্তুনা,
তুমলিবরা শেগাইরবা লুপাক মনুংদা?
কাং হয়িংনা চিক্তুনা,
তুমখিগবা কয়া কুইনা?
কদাইদা লৈখ্রে ইমা!

ফদিকরানা কুপ্তুনা,
উতোং মনুংদা থুপ্তুনা,
লোৎখিগদগে চহি কুমজা কয়া?
কাউগদগে করমনা পুকনিংগী অৱাবা?
কদাইদা লৈখ্রে ইমা!
অমুক্তা কোনশিনবিরখো নচাশিংবু।

ইমা নংগী লাইশংদি নিথাঈরক্লে,
শজিবুগী মুংশিংনা হুমদোকখরে,
তিংথৌ-তিঙোইনা কুপখরে,
কৌজেং-হারৌনা শাম্নখরে,
নোংজুথাগী নোংনা থুমখরে।
কদাইদা লৈখ্রে ইমা!

ইমা নংগী নপান্দগী,
ইরোন্দি খরা খরা থোকচহোরে;
নংগী চেংলৌ শকফমদি উজহৌদ্রে!
তেংথানবা রাহৈস্থ তক্ষৌদ্রে।
কদাইদা চংখ্রে ইমা!
অমুক্তদি কোনশিনবিরখো ইমা।

পাংদ্রবা নচাশিংনি থন্দুনা,
তুংগী আশা পুন্নমক থাদোক্লুনা,
চীংলোল মাপন্না কোঈশিন্দুনা,
য়োংকী পোরোল লোন্নমলত্রা?
কদাইদা চংখ্রে ইমা!
অমুক্তদি কোনশিনবিরখো নচাশিংবু।

নংগী অশাউবা খোঞ্জেল তাবদা,
সমত্রুগী ঈরাউখোল নেমখিবা,
হাওনা চীংদা চেনখিবা,
মীরৈবাকী লাইথুং চংঙমদবা,
অত্থুগুম্বা অকিবা খোঞ্জেল্লা,
অমুক্তদি রারকপিখো নচাশিংবু।

নংগী মিরবা খোঞ্জেল তাবদা,
কোকিলনা মনিপুর থাদোকখিবা,
অদুগুম্বা মুংশিবা খোঞ্জেল্না,
অমুক্তদি থেমজিনবিখো নচাশিংবু।
কদাইদা চংখ্রে ইমা!
কাউখ্রবরনে নচাশিং লৈহৌরি হাঙ্গবা?

নংগী অমৃত চেনবা রাহৈনা খিক্তুনা,
পাম্বীদা মহৈমরোং চুক্কনবা,
লৈপান্দা লৈ মকারামনা শাংহনবা,
অদুগুম্বা থুমলবা রাহৈনা,
অমুক্তদি থেমজিনবিখো নচাশিংবু
কদাইদা লৈখ্রে ইমা!

নংগী পুকনিং ফাজিনবা রাহৈ তাবদা,
ঈচেল পিকলবা নম্বুল তুরেল্না,
অথাপ্পা সমুদ্রতমনা চংনিংদুনা,
লোক্তাক্তা আত্মা সমর্পণ তৌখিবা,
অদুগুম্বা পুকনিং ফাজিনবা রাহৈনা
থেমজিনবিখো নচাশিংবু।

## হৌজিক্কী মৈতৈ সাহিত্য

শাংলয়ে তামিল, শাংলয়ে তেলেগু,
ভারতকী লৈকোলমুং অসিবা,
অথাপ্পা সমুদ্র মপান্দগী লাক্তুনা।

অরাংবা উনগী মপৈ লান্দুনা,
থুংখরে নেপালী ভারতকী লৈকোন্দা
পোমখরে ওরাংতগী খাসি ভারতকী কাচিন্দগী।

করিনো ইমা মাইথোং লাংশিনবা নমান্নবা মরক্তা?
করিগী য়েন্নিং হুন্দে অনৌবা মনা?
করিগী পোমদে অনৌবা লৈরাং?
করিগী নশানরেং ফন্দ্রিবা?
মতিক ওকপা ঈশিং চাইদবনা,
কংবনা ফরে খল্লবরা পুকনিংদা?

থংলে· ইমা নংমডাইরে লাইরবা লৈরাং,
ভারতকী লৈকোনফুংসিদা।
য়েংউ, ইমা অপংবা নচাশিংনা,
ঈশিং চাইদতুনা নংগী নখোংদা,
লাকনরি পুথ্রী তৌবা মরুভূমিদা!
তান্নরি ফাগদগী মায়া মরিচীকা!!

## মাতৃ তর্পণ।*

অথাপ্পা মীরৈবাক্তা লৈদ্রুনা,
ব্রহ্মপুত্রগী তোর্ব্বান্দা লেপ্তুনা,
পোকনফম লমদমদা মাই ওন্দুনা,
চেং থোইদিং কথচরি ইমাগী থুয়াদা।

* ইংশোক ১৯২৬ কী জাগরণ পত্রিকাদা থোংদোকখিবা।

লৌবিয়ু ইমা খুংথেংননা,
মিংকী পি মরিক মরিকা লোঙ্গৈননা,
ঈশিং খুজোক থম্না শোক্তুনা,
কংচরি ইমাগী খুয়া থম্বান্দা।

সনা লুপা কয়া কংচনিংই,
লৈত-লাইরা কয়াবু পিজনিংই,
ষর্ষী কয়া দান তৌজনিংই,
করি অমতা ঙমজদ্রেকো লৈজদবনা।

ইমাগী নিংশিংনবগীদমক্তা,
সুংশিরবা মোংফম মথক্তা,
ঙমজদরে স্মৃতি মন্দির শাগৎচবা,
ঙমজদরে স্মৃতি সভা লিংখৎচবা।

মিংকী পিনা কংদ্রিমথৈ,
কাউজররোই খুয়া থম্বান্দো;
লাংচগনি নংগী প্রতিমাদো,
থম্মোইগী স্মৃতি মন্দির মমুংদা।

অরেপ্পা নাইদনা চেন্নিবা,
হে ব্রহ্মপুত্র পুকচেল তপলবা,
কংচরিবা হৈ-লৈসি নংগী গর্ভদা,
শিন্নবিরম্মুকো ইমাগী খুয়াদা।

ইথুংনা থিজবা ফংজবা,
লৈকোন্দগী লৈ-সু খরদং হেকচন্নুনা,
কংচরি ইমাগী খুয়া থম্বান্দা,
লৌবিয়ুকো ইমা খুংথেংনন্না॥

তোর্ব্বান রাংময়োমদা লৈতুনা,
মশেন মরাংনা ভরিবা,
লৈচিন নোংফাই মরক্তগী,
খুৎ তিংথোক্লক্লবরনে ইমা!

থাপনা ভরিবা চীংয়া তময়াসিদগী,
ভরে মশেনমরাং ইমাগী মূর্ত্তিগুম,
তেংথাবগুম তারে 'ইমা লৈরি' হাঈনা,
খুৎ তিংথোক্লক্লমাল্লে লৈ-স্থ লোগে হাঈনা।

পাক-চাউরবা ঈপাকথক অসি,
লানবা ওমলরোই থন্দুনা,
থৌরাংবা মিৎয়েংনা য়েংতুনা,
ক্রীং ক্রীং চোংতুনা লৈরবরনে ইমা!

ঙাইরমথো ঙাইরমথো ইমা,
লাল্লকলগনু অসোমদা অমুকহল্লা,
অথাপ্পদগী পাইথরক্লিবা হি অসি,
ঙাইরগা মতম থরদং লানজরকে খুয়া তমনা।

মী চিক্লবা লমদম'তুদা,
দ্বীপ মচা অমতং থিতুনা,
শান্তি মন্দির অমতং লিংখৎতুনা
লাই নিংমিন্নসিকো ইমা ইচা।

হে ব্রহ্মপুত্র নংগী ঈপাকথক্তা,
স্মৃতিচিহ্ন ওইনা রেক্তুনা,
লৈহৌরকনু মতম কুইনা,
থৗনী মিতনী মিহেকপা পি'সিনা।

মীগী স্মৃতিমন্দির কয়া কয়া,
নংনা থুদেকই তর'ই তরাই,
মুথৎপিন্নুকো ঐগী স্মৃতি চিহ্নসি,
কংদ্রিগখৈ নংগী ঈচেল্লা।

স্মৃতিসভা কয়া লিংখত্তুনা
স্মৃতিগীত শকনৈ অয়াম্বনা,
ঐগী লকানুংগী ফোংদোক্তবা স্মৃতিসি,
কংাবুম্নু খংহন্দনা, তিনখ্রো নংগী জীবন সঙ্গীতা।

লৈবাক কয়া লাম্থোক্লুনা,
চীংনাপোম কয়া থুগাইদুনা,
চেস্থখরো সমক্রতমনা ;
অত্যাদা তিনহনখ্রো নংগী ইশৈ।

অতৎপা লৈতনা শিন্থরিবা পি'সিগা,
অতৎপা লৈতনা চেস্থরিবা নংগী ঈচেলগা,
ঈচেল অনি তিন্নদুনা,
সঙ্গমস্থল অমা শেম্বিয়ু ;
'স্মৃতিসঙ্গম' থোনজগে মাদুগী মমিং।

পলেমগা থাইনয়বা,
তীর্থ যাত্রিকনা কনাগুম্বা,
লুপলসনু মফম অদুদা ;
অরাবা খরদং কোকচগে মতম'দুদা।

নংগী ঈচেলগী মশক ওইবা তারবদা,
পিগী মশক ওইবা মেজরাপনা থেংবদা,

থোরকনম্নু 'ইমা' 'ইমা' হায়্না ;
অত্যাদা পাইখৎনম্নু খোঙেন্দু ।

কনানম্নু খংদবা পুর্কনিংগী স্মৃতি,
কনানম্নু য়োঁদবা লমদমত্নুদি,
তিনম্নু কনানম্নু খংদনা,
'মাংদবা' ওইনম্নু মতম লৈবা খিবিক্তা।

## কাঞ্চীপুরগী লেমহৌবা মথাক। ‡

(থাইনগী কোম্নুংনা হোংখিবা অমম্নুং হৌজিকী
অনৌবা কোম্নুং শেমদ্রিঙেগী মরক্কী অবস্থা।)

চীংনা কোঙ্গনা ফিকক খুমলিবা,
হাওনা কোঙ্গনা পলঙাকলিবা,
ঋতু তরুকনম্নু লৈতেংলিবা,
মালেম পৃথিবীগী লৈকোলগুম্বা,
মনিপুর সনা লৈবাক্কী লৈময়োন্দা ;
থমচেৎকুম থম্বালগী মম্নুংদা,
শালগ্রামগুম লৈপরেং মম্নুংদা,
ঙাম্খোইরি থাইনগী কাঞ্চীপুর।
লৈময়োলসিগী নিংথিজবা মিংচত্তি,
মতমগী কল্লবা ঈচেল ঈরৈনা,
অচিং নুংথিল নাইদনা পুথোকখিত্নুনা।

‡ The name 'কাঞ্চীপুর' was recently introduced but it sounds so sweet that I wish it to have been from the ancient.

লুপখিগদৌরে অমম্বা ঈপাকথক্তা !
সুংশিরবা লৈগী লৈনমনা,
সুংশিংকী মকোঙীদা তিনবগুম ;
চীংসুংদা খোংবা তামনাগী খোঞ্জেল্লা,
পাল্লবা অতিয়াদা মাংখিবগুম ;
মনম সুংশিরবা কালিন্দীগী ঈশিংনা,
য়াল্লবা থুমহ'দা তিনখিবগুম,
নিংথিজবা মিংচং কাঞ্চীপুরগী,
কাউশিল্লকলে নো'ম-নোংমগী।
অমদি কাঞ্চীপুর লাইরেম্বীগী,
মরাইবকথাবা মরমদগী,
মবুংঙোস্থ মাই লৈথোকপিথরে :
পাউতম্বীনস্থ লৈরকতরে।
অমদি অরা পোত্থানবা য়াবা,
মচাস্থ য়াওদ্রে তৌবিমল থংবা,
ঈরাকনরে চিন্তাগী ঈপাকথক্তা,
'হা ওইজরে সুং অনিগী মরক্তা'।
মচাকাথ্রবী শঙ্গ। অমোমনা,
মৈচাক খাং'গুম চেনচোংহনা,
ঊনাথক্তা তা'গুম অহিং লিকলানা,
অরাবা পি শিস্থরি ওম্না থোইনা।
শঙ্গুদগী চিত্থহৌরবী তেনরাগুম,
মীচিক-মীরাওখোল তাখিদ্রবা,
ঊমং-ঊখো'-রাথোংনাক্তা ফমদুনা,
অরাবা-ইশৈ শকচরি মথল্লতা।
থৈবোং, হৈনৌনচিংবা হৈপাল,
লৈহাউ, শিংঘারৈনচিংবা লৈপাল,

মশাগা মশাগা লোনশিন্নদুনা,
অরাবা ফোংদোকলি ভু'মন তুমিন্না।
উরারৈ, কুন্দরৈ, বাসন্তীনচিংবা,
উরাগী কাংলুপনা মরী চৎপা,
থাদোক্তুনা তুংনফম হৈপাল লৈপাল,
ওস্থোইরি, তৈদুনা উগুল রাইফুল।
লংখুম্নু, লাংমৈনচিংবা উচেক,
তেংথারি কাঞ্চীপুরগীদমক,
মনাপুংবা উশা খুদিংনা তোংদুনা,
তৌবিমল থংবা চেক্লাগী কাংলুপনা।
হৌজিক ফাওবা কালিদমনগী,
পিকলবা ঈশিং ঈচেল অদুনা,
চীংগী চীংথোংদো ঙাথেংদুনা,
চামথোকলি থুয়াথম্বাল কাঞ্চীগী।
কাঞ্চীগী হৈকোল লৈকোন্দা হোবা,
হৈ-লৈ পান্বাগী মরুপ খিবিকনা,
নিংথিজবা মহৈমরোং লৈ-শু কত্তুনা,
পুকনিং ফাজিল্লি কাঞ্চী লাইরেম্বীবু।
মতা কাঞ্চীগীদমক রাবনা,
শ্রীরাসমণ্ডল পুত্রী অসে
লৈতেংথরে অমোংপা ফিজেৎনা
লু-হেন্দরে মহৌশাগুমনা।
অদুম ওইনমক চাকতাররি,
ঙাম্নুথক্লোংনচিংবা চেৎলানা,
সুমিদাংরাই য়োরে হাঙ্গদুনা,
পুকনিংগী অরেপ্পা কাঙ্গদনা।

---

## চিরবিদায়। †

শরৎকী অহিংদা থাবল করবা,
নুরা অমনা কনাগুম্বী,
মপাল থোকলকলে ইমুংদগী,
অকলা'মা পাইদুনা তেনবাগী।
অহিংতাংলোঁ থেংজিন্নকলে,
মীচিক-মীরাওখোল তাশিল্লক্লে ;
নোংচুপ অত্যাদা ইংলবা থাবল,
লৈতেংলকলে চীংগী চীংদোল।
উরিবা চাংশাংদো অরাঞ্চদা,
লৈচিম্না পানা কুপ'খবদা,
তুম্বগুম নিংথিরে চীংলাইনা,
অপাবা ফিঙৌনা কুপ্পুনা।
পাত্তা শাৎপা থরো কয়ানা,
মলয়া নুংশিৎকা থেংনদুনা,
অত্যাগী থরাম্মিচাকপু য়েংদুনা,
নোকফেৎ তৌরি করেমনগুমনা।
অত্যাদা থোকপা নাপল 'চাউরবা,
থরাম্মিচাকনা তয়াংতশোইবা,
মতিল শিংথরি থরোতমনা,
পুক্নিংদা উশিত্তবগা লোঙ্গনলা।

---

† ইংলোক ১৯২৬কী জাগরণ পত্রিকাদা কোৎদোকখিবা।

থরো খিবিকনা শাউরকলে,
পাংয়াইদা হাইহুমলকলে ;
ঈথক হোরকলে পাংকী ঈশিংনা,
খামজিনবা লাকনরি চাংজৌনা।
থরোগী মাইথীবা উবদা,
লৈথখ্রে অঙানবা চৌংমরুমদা ;
থরাম্মিচাক মাইথোং লাংশিনখ্রে,
চন্দ্রমুখীনা কলঙ্ক পেনজরে।
প্রকৃতি কৌবী লাইরেম্বীনা,
কুম্মৈ য়েংবা সুঙাইরহনা,
মালেমথক্তা শেতারগুম্বা
তুরেল 'তংহনা তাবগুম্বা,
তপলবা মলয়াগী খুংখংনা,
খোংগংলকলে পুকনিং হুনা।
চিকলবা অ'হিংদা অ'সিগুমনা,
প্রকৃতিন' থোর'কুম মুর্ত্তি ওইনা,
নূরা অসে ইংনা থোকলকলে,
হৈনৌ মখোং অমদা চংশিনখ্রে।
তপনা থাক্সংলহনা অকলাহু,
কোনশিল্লে থম্মোইদা তেনৱাহু,
মিংতগী পি তরং তরং শিন্থহনা,
হাঙৈরকই তেনৱাবু য়েংহনা,—
"থাইনরসিকো পাম্বুবী,
পাইখ্রকো ইতাশকপী,
ঙসি অহিংদগী হৌহনা,
অপাম্বা উমং য়েংহনা,
থাদোকলমলো সুংশি লমদম,

শারুরো মুঙাইনা নহম;
পুকনিংচাবা উশাথক্তা,
তোংলুরো চান্নবী ইতা।
খোংলুরোনে নখোঁপোংনা,—
নংগা ঐগা জাৎ তিন্নদবনা,
মুংশিজহুনমু ঐনা ফনা,
নপুকনিং থুংলোইকো চেক্লা।
নংনা ঐগী পুকনিং হুখিবনা,
ঐগী ইথোঁদা খোশারুদহুনা,
নংবু, নরোল শোক্তবা চেক্লা,
ইকোই কোইখ্রে য়েরুবনা।
চেক্লা মাংগবরা নথরাই,
চিংনরেনে ঐগী থংম্মোই,
নথরাই হিংনবা উপায় থিখ্রো;
মুংশি লমদম থাদোক্লমলো,
হয়েংমুক্কী মপোক অহুদা,
চেক্লা ওইনা পোকমিন্নহুনা
তোংমিন্নসিকো উশা অমতদা
চাকতামিন্নসিকো পাৎ অমতদা,
মীওইবগী মপোক অসিদদি,
পোকহেজ্রে অতোনবা জাৎতি!
সমাজদগী তাম্মোরকনি,
হাঙ্গহুনা 'অমাংবা জাৎনি'।
বিচার লৈতবা জাতিগী,
মপোক্তা পোক্তুনা লৈরাংগী,
শাৎমিন্নসি লৈখোক অমত্তদা,
কাউনমুসি চান্নবী ইতা।

হন্দকী মপোকসিগীদমক,
মতমকুইনা কাউদনবা.
লৌরেকো নংগী ফোটোসি ;
থাদোক্লমলো সুংশি লমদম।
নিংঙোলকাগী লুখুম্রদা য়ান্দুনা,
সুমিংখুদিংগী মিংকী পিনা,
নংগী ফোটোসি চামথোকেকো ;
ইতাশকপী হৌজিক্তি পাইখ্রকো।
পাইথরোনে অপাম্বা উমংদা,
চাকতরুরো হৈকোল লৈকোন্দা।
নংগী ঐগা পুনসিগী শাম্নবা,
ব্রাথৈরাস মিংকী পিনা।”
অসি হাঙৈনা পি তৈথোক্তুনা,
মথোংদগী য়োংহিলং থাদোকলে ;
—পাইত্রে চেক্লাসে,—লেংবান্দা তোংলরে।
অরাবা খোঙ্লেম্না খোংলরে।
খোঙ্লেন্দু তাবদা অরাবা,
শি শিন্থখ্রে উরীরারী কাওবা!
অরাপ্পদা লৈবা চীংশাং পরেংনা,
সুংশামপী হোল্লক্রে ফুইনা ফুইনা!
পুকনিংগী অরাবা ফোংদোক্তুনা,
প্রতিধ্বনি তৌরক্রে অত্যানা।
সুজাবু য়েংত্নুনা চেক্লাত্নুনা,
হাঙৈরকই অরাবা খোঙ্লেম্না—
“কুটিল ওইরবা সমাজদো,
লৈথা তাবনি উরীগুম্বনা ;
পুকচেল চাউরবা জাতিদো,

চাওথৎপনি উপালগুমনা।
মাওইবা! বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা,
প্রেমরাজ্যগী ফোটো নমদুনা,
ঙমখৈ লেপকে থোরাং'লবোই।
অরেম্বনি কান্নরোই কান্নরোই।
অঙকপা পাম্বৈগী বিজ্ঞানগী,
নুংওনখ্রবোই নংগী থম্মোই!
শেগাইখ্রবদা ফোটোনা,
স্মৃতি ঙাকান করমতৌনা?
মিৎতাংলকলবদা মাওইবনা,
ফোটো য়েংগদগে করমনা?
গুংশবা থোক্রবদা পুক'নংনা,
করি কান্নে ফোটো চামা থেত্তুনা?
অমরোমদা হাঙ্গিরুরগ',—
মাগী পুকনিং ঈচেল গো'লকপা,
চেংলৌ শকফম হোংলকপা,
ঙম্বরনে ফোটোনা মতুংইনবা?
ঐখোই দ জংৎনি তোল্লবা,
লৈজদে যন্ত্র, লৌশিংনা শাবা;
মনুংদা থম্মোইগী উফম,
হন্নি তাখ্রে নংগী শকফম।
মাওইবগী মরক্তা হৈ-শিংলবা,
লৈবরা ফোটোগ্রাফর অসিগুম্বা,—
মাংহন্দুনা ঐগী অস্তিত্বসি,
ফোটো ওলহনবা ঙম্বা ইশা'সি?
মাদু লৈরবদি, ঐগী হকচাংসি,,
ওলহনবিরো ফোটোগী মশক;

নংগী লুখুমগী ফকলাংদা য়ান্দুনা,
অহিং নুংথিল মিৎকুপ্তনা,
লৈজগে নংগী নশক য়েংতুনা,
খাংলগে অরাম খোরাং চপমান্নবা!
অথাবা মিৎয়েং য়েকনবগী,
অশাউবা ৱাহৈ কল্লকপগী,
খাংজরগে লকান্নুংদা তুমিন্না!
মথৱাই পান্দবা উকংগুমনা।
নত্রগা পুরকউ অসিগুম্বা গ্রাফর,
মাগী মপাল নাইদবা ফোটো মন্নুংদা,
নিংথৌ, প্রজা, চাকনিবা, ইনাকখুনবা,
চপমান্নখ্রে মতিক মগুণ।
নত্রগা থাদোকপিয়ু অসিগুম্বা উমংদা,
চাদথক্রবগী অরামখোরাং লৈতবা,
কল্লকপা য়েংথীবা লৈনদবা,
অমাংবা অশেংবা চপমান্নবা।
অতু শুমত্রবদি মীওইবা!
হুন্দোকখ্রো নখুংকী ফোটোতু,
কদোইডেদসু পাইথোকলরোই,
নংগী থম্মোই অকলাদগী।

# অতীতের স্মৃতি।

চাওখৎলবা সহর কয়া কয়া,
কোম্মুং, নিংথৌৱেল কয়াগী,
থুগাঈড়না মতমগী ইচেম্না,
লুপথ্রে অমম্বা সমত্রু মম্মুংদা!
ফুরা-দলাল, হৈকোল-লৈকোল,
লৈ-শু-উরী-ৱারী কয়া কয়া,
অমম্বনা কুপ্পুনা থম্বগুম ;
অমদি চাউরবা চীংমান কয়া,
হীরা মণিমুক্তা মপৈ মপৈ,
লুপ্পুনা লৈ'গুম সমত্রুগী গর্ভদা,
হৌখ্রবা মতমগী মিংচৎ কয়া,
লুপ্পুনা লৈখ্রে অকাউবগী গর্ভদা!
মমখ্রবা অহিংগী মতমদা,
মুৎলি মুৎলি পাই'গুমনা তন্দম্না,
অমদি অথাম্নদগী খোংলকপা,
বাঁশীগী মিরবা খোঙ্গেলগুম ;
থেংখ্রবা অহিংদা, অথাম্না চীংদা,
মুৎলি মুৎলি চাকপা লম্মৈগুম,
হৌখ্রবা স্মৃতি কয়া পুকনিং অত্যাদা,
পাইরিনে মশেন মরাংনা!
ৱাংখ্রবা চীংগী চীংদোম্নগী,
য়েংখ্রকপা দৃশ্যনা পুকনিং হু'গুম,

## লৈ পরেং ।

মতমগী অরাংবা চীংদোন্দা লেপ্তুনা,
য়েংথ্রকপা, হৌখ্রবগী দৃশ্যাবলী.
মধুর ওইখ্রেদা ওস্থোকর্নস্থু !
পি নাম্থখিবা থংহোদে "মৎলুদগী ।
শাম্নখিবা কয়া অঙাং ওই'রঙৈগী,
য়ারী কয়া শিথ্রবা শাগৈনাতৈ-ঐ,
লৈরাং কয়ঃ চিন্নদনা কেমথ্রবা,
পাইরি মশেনমরাং অকাউবগী গর্ভদা ।
তাবা ফংলরোইদবা য়াহৈ অগুক হন্না.
উবা ফংলোইদবা দৃশ্য অনিরক শুনা,
থম্মোই কাঙ্গৈগদৌই নিংশিংবদা !
পল্লেমগী য়াহৈ থাহ-রমদাইগী.
শিরমদাইগী দৃশ্য কনাগুম্বগী,
কাঙ্গৈখিগদৌই থম্মোইসি থল্লুবদা ।
অহৌপা-মুংঙাইবা, অরোইবা-অরাবা,
খংলে শাম্নথ্রমাল্লে চান্নবা মরুপ ।
নোংমা নত্রগা নোংমদি শোইদনা,
চোংথগদমক লৈরে অকাউবগী গর্ভদা ।
হৌখ্রবা অকাউবগী সমত্রু ময়াঙ্গৈদা,
মিংচৎকী দ্বীপ শারম্মিবা মুপাশা.
য়াইফৈদকো ওস্থোকনস্থু ।
ঙ্গৈরাকনরবদা থুপচগে নংগী দ্বীপ্তা ।

লোইরবা